# শৈরেং মঙাল



অইবা :—

শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহ

কোঙেং লৈকাই ইম্ফাল।

মমল: লুপা তরা তনি।

# শৈরেং মঙ্গাল

অইবা :-
শ্রীযুম্নাম য়াইমা সিংহ
কোঙেং লৈকাই
ইম্ফাল



মমল লুপা ১০

# অহৈবগী ৱারোল থরা

পৃথিবী অসিদ' লৈরিবা জাতি ময়াম অসিনা জাতীয় একতা ওইনা হিংমিন্নরবা মতমদা পৃথিবী অসি শান্তি ওইগদবনি, ইনিং তম্না নুংঙাই য়াইফনা পানগদবনি। পৃথি মাতানা মীওইবা পুম্নমক য়োক থাকই মহাক্কী মচানি, মমা অমনা মচা অমা শিরগা কপ্পা ১দি মচা কাইনবগী অন্নাবা অহু পৃথি মাতাদসু থোকইবনি। ঐখোয়বু শেমবিবা ঈশ্বরনা হৈরাং লৈরাং কৎলগা পেল্লি, ঈশ্বরনা পেল্লগা ঐখোইনা নুংঙাই য়াইফনা হিংবা ওমই। শন্না হায়রবদা তাইবংপাল অসিদা থোকইবা শা-লান পুম্নমক অসি ঈশ্বরনা থোক-হনবা ঙাক্তনি হায়বসু অরানবা নত্তে। অহুনা ঐখোয় মীওইবা জাতিনা ঈশ্বরবু পেন্নবা ঈরাং পুজা কৎপদা হৈরাং লৈরাংনা অচোবা থৌদাং লৌদবসু নত্তে. সাহিত্যনা পুক্লিংগী অমম্বা পুম্নমক কোক্নবা মঙালনি হায়বসু অরানবা নত্তে। লাইরিক অসি সরকারনা লৌশিনবিহুনা মীয়ামদা জাতীয় একতানা কান্নবা পীবা থিবিক অসি নৈনবনা লৈবাক্কী ১দি সাহিত্যগী অফবা মঙোলনি, মীয়াম্না জাতীয় একতানা ওম্বা শক্তি ১দি মতিক মঙুন খংনা থবক পাংথোক্লবা মতমদা লৈবাক্কী চাওখৎপা ১দি নুংঙাই য়াইফবা ওই। সাহিত্যনা পুক্লিংগী মঙান অসি মীপুম থুদিংদা ঙালহনবা মতমদা ঐখোয়গী ইরৈবাক ইজাতি চাওখৎকনি। জাতি অমা শেমগৎ শাগৎপদা ১মুং লৈবাক অমা শেমগৎ শাগৎপদা জাতীয় একতাগী

থৌদাং য়াম্না চাওই. পৃথিবীগী জাতি পুম্নমক শেমগৎ শাগৎপদা সাহিত্যনা অচৌবা থৌদাং লৌই, পৃথিবী জাতীয় একতা ঙাকপদা পৃথিবী জাতীয় একতাগী লূচিংনা থুংলাই ওইগদবনি। পৃথিবী শান্তি ঙাকপদা পৃথিবী জাতীয় একতাতনা ঙাকপা ঙমগদবনি।

পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মীওইবা জাতিনা জাতীয় একতা ওইনা হিংমিন্নবা থৌদাং লৌরিবা সাহিত্যকার, চিঙ্গাক পান্থী ১দি হৈরাং-লৈরাং অসিনচিংবা খরদংগী মরমদা ইবা "শৈরেং মণ্ডাল" মিংথোনবা লাইরিক অসি মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা ফোংনবা মতেং পিবিকনা ফোংদোকচবনি, ফোংনবা মতেং পিবগীদমক্তা কন্না হন্না ধনাবাদ তৌরি, ১স্নং ঈশ্বরনা মঙ্গোল আশির্বাদ পিবিবা ওইসনু. লাইরিক অসিদা সাহিত্যনা জাতীয় একতা ওইনবগী অচৌবা থৌদাং লৌই, অদুনা সাহিত্যবু চাওখৎনবা হোৎনবনা মীওইবা জাতিনা জাতীয় একতা ওইহনবা লাইনা ঙমই। চামিন থকমিন্নরগা ১দি তিন্নরগা শুংশিবা রাখল পোক্নুনা জাতীয় একতা ওইবা ঙমই. জাতীয় একতা ওইহনবদি করিগুম্বা থবক অমত্তা নিংথিনা পাংথোকপা ঙমদে, থবক পাংথোক্লবা অথোইবা থুংলাইদি জাতীয় একতা ওইবা অসিনি। অদুনা জাতীয় একতা অসি বিজ্ঞানিক ওইবা থুংলাই অমগী পান্দমনি, মসিনা থবক পুম্নমক লাইনা পাংথোকপা ঙমই।

---

# "WAY TO THE NATIONAL INTEGRATION"

Love, Love, Love,
Please, love all humen beings.
Love brings the National Integration,
Love brings our Unity of Nations.
The character of love is only the character of one ness,
The Nature of love is only the Nature of one ness,
One ness is the Definition of love.
Wholesomeness is the description of love,
Love brings the Human being creation.
Love is the sources of Humen beings,
Love brings the World Unity.
Love brings our Unity of the World Nations.
Love binds wholesomeness,
Love Conquers the National Integration
Love is the only weapons,
That conquers every human being.
Love is the science of National Integration,
Scientific love can conquers our National Integration,
Love is the science of oneness,
The love of creature is the love of God
The love of Human being is the love of God
The spiritual love is the way to God.
The spiritual scientific love is the way to our National Integration

The soul of Human being is equal to the soul of All Humen beings.

Equal soul is equal Body.

International love is the way to our National Integration.

The nature of soul is also whole some ness.

The nature of National Integration is also oneness.

The definition of the National Integration is also whole someness.

The description of the National Integration.
is the spirit of our unity of Nations.

Humen unity is the strength of our Nations.

The spirit of Unity is the spirit of National Integrations.
The spirit of unity leads to the National Integration.

Our National Unity is the way to our National Integration.

Our National Unity is the Almighty God.

Our National Unity creates the National Integration.

Our national Integration aims at the gool of the World national Unity.

God is the only Creator of All

God creates our National Integration,

Religion is the way to God

Unity is the way to our National Integration,

The true love is shined for ever,

The true love of creature is the way to our National Integration.

The truth conquers the National Integration.

The love of Human being is the way to the our national integration.

The present age is the Scientific age.
The Scientific form of govt. is the way to the National Integration.
The Scientific type of Administration is the way to our national Integration.

The Scientific type of unity is the only way to our national Integration.
Our scientific type of national unity is the way to our national Integration
The truth of our unity is the wey to our nationa integration.
The scientific way of our true unity, is the builder of our national Integration.
The Human beings are the way to our national Integration
The Love of Human beings is the true way to our national Integration
The sweet literature is the way to our national Integration.

The spirit of Co-operation is the true way to the national Integrity
The spirit of national play and sports are the right way to our national Integrity.
The Spirit of International game is the basis of International integrity.
The sweet International literature is the true way to our international integrity.

The nature of integrity is also wholesome ness.
The national integrity of the world is also national whole some ness.
The spiritual love of human being is the main way to our national integrity.
The above points are the thesis of our national Integrit
Love ends love.
Love conquers the world National Integrity. 

# হিরম লমাই

# শৈরেং মঙাল

শৈরেং ১

## ‘‘ডাঃ কমল’

৺ডাঃ কমল মিংচৎলৈ,
কোলোয় মিংলেন কমললৈ,
ইং কুম্জা ১৮৯৯ লৈ,
লমদা থাদা .পোকখিলৈ,
কবি ওইনা পোক্লৈ,
লংথবান কুঞ্জদা পোক্লৈ,
লমাবম সাগৈদা পোক্লৈ,
সাহিত্য ঈপাক্তা মিংচৎলৈ.
সাহিত্য লৈকোন্দা ঙাম্মলৈ
সাহিত্যগী মঙানতনা ফাওনলৈ.
মীপুম খুদিংনা শকখঙলৈ.
সাহিত্যগী ইচেনতনা চেম্হলৈ,
কবিতা ইবদা মিংচৎলৈ.
উপন্যাস ইবদা মিংচৎলৈ,
শৈরেং পোরম থংনলৈ.
রাখল ইপোম চাওনলৈ।

মীনা লাইনা পাম্লৈ,
লংথবান কুঞ্জগী কোকিললৈ,
কাঞ্চি কোকিল মিংচৎলৈ,
কুহু কুহু খোংনলৈ,
কোকিল খোম্বাং হুংশিলৈ,
অতাবা মীনা পাম্লৈ,
কুহু কুহু খোম্বাংলৈ,
পঞ্চম শুবদা খোংনলৈ,
ভাস্কর ওইনা মিংচৎলৈ,
কবি ওইনা মিংচৎলৈ
কবিগী প্রতিভা মণ্ডানলৈ,
পুক্লিং ব্রাখন মণ্ডানলৈ,
কবি ওইনা শাইওনলৈ,
কবি ওইনা চাওনলৈ,
কবি ওইনা ফাওনলৈ,
মিংচৎ উরোং থিম্লৈ,
কবি গুরু মিংচৎলৈ,
মীথোই মীহেন মিংচৎলৈ,
কবিগী ব্রাখল মণ্ডাললৈ,
পুক্লিং মণ্ডান ওইনলৈ,
সাহিত্য লৈকোন্দা শাৎনলৈ,
লৈনম মনম লৈহুংশিলৈ।
লৈরাং পরেং লেংনলৈ,

শৈরেং ছন্দ মঙালনৈ,
কুহু কুহু শৈরেংনৈ,
মীওই পোকী মিংচৎনৈ,
লেংদবা মিংলেন থমনৈ,
শুনতনা মিংচৎ থমনৈ·
কবিগী প্রতিভা চেন্নৈ,
কুঞ্জ কোকিল খোম্থাংনৈ.
পঞ্চম শুরদা কুহুনৈ,
কুঞ্জ কুঞ্জ খোংননৈ.
কুহু কুহু শৈরেংনৈ,
শৈরেং শৈশক কুহুনৈ,
কুঞ্জ কোকিল কমলনৈ.
পঞ্চম শুরদা খোম্থাংনৈ,
কুহু কুহু শৈশকনৈ,
কুহু কুহু য়ারেংনৈ·
পঞ্চম শুরদা শৈরেংনৈ,
পঞ্চম শুরদা য়ারেংনৈ,
মখৌ পোংনা খোংননৈ,
পঞ্চম শুরদা খোংননৈ.
মালেম থুংনা মিংচৎনৈ;
কাঞ্চি কোকিল শৈরেংনৈ।
কাঞ্চি লৈকোন্দা চংননৈ.
স্বাগী লৈরাং শাৎননৈ,

স্নাগী লৈহাও হেক্লৈ.
য়েন্দাই থম্না হেক্ক লৈ.
স্নাগী লংলাদা লেংনলৈ,
লৈরাং পরেং পুংককলৈ.
"লৈ পরেং" মিংচংলৈ।
লংথবান কুঞ্জ কোকিললৈ,
কাঞ্চি লৈকোন্দা খোংনলৈ.
উরীরৈ মাধবী লৈরাংলৈ,
লৈরাং লৈকা ফম্লৈ,
লৈনম মনম মুংশিলৈ,
সাহিত্য ইপাক্তা তাওনলৈ,
"মাধবী" উপন্যাস লেংনলৈ.
লৈরাং লৈহী চেম্লৈ
খোইমু কয়াগী খোইদালৈ,
হুমিং থানা ভাললিচৈ.
মীপুম খুদিংনা চুপনলৈ,
মতিক মঙ্গল শিংথালৈ,
কুঞ্জ কোকিল নোংগালৈ,
নহা ওইনা কেনখিলৈ.
সাহিত্য প্রেমী কপনলৈ।
হুমিং থানা ভাল্লিচৈ
কুমওন খুদিং নিংশিংলৈ।

## শৈরেং ২

## লেইরাং-লৈরাং

শাৎচরো লৈরাং শাৎচরো.
ইহকোন লৈকোন্দা শাৎচরো,
লৈকা ফম্না শাৎচরো.
মংশীবা মকয়ানা য়াকাইরো,
ইনম-লৈনম ছমলকলো.
খোইমু পুক্নিং শুম্বংলো,
তাইবং পুন্সি য়াকাইরো.
মীওই পুক্নিং শুমহৎরো.
পুক্নিং মকা লামহনরো।
বসন্ত ঋতু চংলকপদা.
ইহকোন লৈকোন শংলকপদা.
লৈরাং পুমপুম চাওরকপদা,
মালং তানথা ঙাইরকপদা,
হম্লিংখোই ফয়া ককঙাওনরে,
খোইমু ফম্না ককঙাওনরে;
লৈরাং শাৎফম থিবদা.
শাৎচরো লৈরাং শাৎচরো;
লৈকা ফম্না শাৎচরো,
খ্বাংজেংবা খোইমু পাইরকরো·
লৈহী পেম্ম: চুপচরো।

লৈরাং লৈহৌ চুপলরো.
হৈকোন লৈকোনদা পাইরকয়ো.
লৈহৌ খিবা খোইমুও,
লৈহৌ চুম্না হম্রিংখোইও.
হৈপান লৈপানদা তোংলম্মা,
লৈরাংনা মপাল কয়িঙৈ,
হৈরাংনা মপান শাংলিঙৈ.
লৈহিনা পুমচোং-কোংলিঙৈ
কক্বা নিংখিবনা তিল্লিঙৈ.
মালংবনা লৈনম হুমলিঙৈ.
লৈপাম্বা হম্রিংখোইনা পাইরিঙৈ.
কোইনা কোইনা পাইরিঙৈ,
লৈরাং লৈনম খিরিঙৈ
শাংচরো লৈরাং শাংচরে;
লৈকা ফনা শাংচরো.
লৈহৌ খিবা হম্রিংখোইও.
লৈরাং লৈকাদা তোংলরো,
লৈহৌ পেম্মা চুপলরো,
খোইরা থম্মা পৈকোরো.
পুকৈ চোম্না খিক্লোরো.
তাইবং মীগী অকুত.
হৈরাং লৈরাংগী অমুত.
লৈহিনা পুমচোং চোংনলে।

হম্রিংখোইনা লিবা অম্রুক,
মখোক কারকপা হম্রিংখোইও,
অব্রা অনা খংদবমখৈ.
লৈয়াং লৈছী থিংচৌরো.
খোইরা খগ্রাঁ পৈংহৌরো,
খবক তবা হম্রিংখোইও,
হম্রিংখোইনী মপান তাইবংমীনা তাং.
তাইবং মীনী মপান হম্রিংখোইনা তাং.
তাইবং মীনা হৈয়াং লৈয়াং থানলৈ,
তাইবংমীনী লৈছী বিক্রম শেমনলৈ.
তাইবং মীনা হৈকে'ন লৈকোন খেয়্রৈন
হম্রিংখোইনী লৈছী খিক:
লৈয়াং লৈছী চেক্লুপা.
হম্রিংখোইনা লৈয়াং খোইদালৈ।
শাগন তেকনা পাইরকলো.
লৈবাং লৈছী চুম্রো.
অয়াম খৌয়াং কোকপরো.
বতম খোংলৈ হৈনক্লিচৈ।
লৈয়াং লৈকাদা তোংলয়ো.
তাইক মপুং কাহনয়ো.
মপুনী খৌগন তোরয়ো!
মপুনী খুংশেন উংলয়ো ।

মতম মাগী খয়াঙ্কা,
তাইবং পুন্সি লোমখিনি,
মীওই পুন্সি মাংখিনি,
মালেম খঙ্কা কেনখিনি,
মালেম লৈহাও ওইখিনি,
মালেম লৈশা ওইখিনি,
পুন্সিগী খোদাং লোইখিনি,
অনৌবা লৈরাং শাংখিনি,
লৈরাং লৈহুন তমখিনি,
মতম মাগী খোংলৈনি।
মতম মাগী ঈচেনসে,
অবেঙ্গা কৌদ লৈতেসে,
অরোইবা কৌদ লৈতেসে,
মপু মাগী খুংশেমসে॥

————

## শৈরেং ৩

## "হৈকক-য়েল্লী"

লাইজ লৈরাং হৈককয়েল্লী.
লোক্তাক পাস্তা ভাম্নলৈ,
হৈকক য়েল্লী হৈককলৈ.
লাইজদা তাউবী লাইজলৈ.
পাত্তা শাংবী পাৎশাংলৈ.
ঈশিংদা হৌবী ঈশিংলৈ,
হৈনা চিঙ্গাক ওইনলৈ
চকক য়েল্লী চিঙ্গাকলৈ.
চিঙ্গাকশিংদা চনবা চিঙ্গাকলৈ,
ঈশিংদা হৈনবী ঈশিংলৈ
মপাল শারগা মহৈ য়াম্নলৈ.
হাওরবা চিঙ্গাক ওইনলৈ.
য়েনশাং ওইনা চানলৈ.
মহৈনা চেং ওইনলৈ.
অরাম খোঁরাং কোক্লৈ
লাইর পুকথন হৈককলৈ.
হৈরাং অস্থুম চাওরকলৈ,
হৈরাং মপুং ফারকলৈ.
হিদা তোংহনা হেক্লৈ।

স্না কৈথেল্দা ফংনৈ ।
লাইরবগী চাকলেন ওইনৈ ।
মপুগী হৈরুক ওইনৈ,
ভোরোক ভোবী মতোংনৈ.
তিম্মং মখোং অহুমনৈ,
মকুনা মুবী মুরৈনৈ.
নাইম নাইম চিঙ্গাকনৈ.
হৈন্সু পাম্বীসু চায়নৈ,
লাইব চেংজেন ওইনৈ,
তাইবং মীবু য়োক্নৈ.
য়ুমখোং খুদিংদা ভায়নৈ,
থোদোক খুদিংদা য়াওনৈ.
মতম নাইনা চানৈ.
মতম নাইনা হেক্নৈ
ঋতু থাইনা হৈক্নৈ.
অরা অনা কোক্নৈ,
অরাম-খোরাং কোক্নৈ,
তাইবং মীগী মথেননৈ.
কাংলবা ভাক্তা ওইনৈ,
চিঙ্গাক পুখোকপা লৈরাংনৈ,
ঈশিংদা হোবা পুকথননৈ.
ফজৈ নিংথিজৈ শিংথানৈ ।

পাঙ্গা শাংপী হৈককলৈ,
লৈরাং লক্লগী কাম্নলৈ,
কাম্নবা ঙাক্লা মওইলৈ,
কাম্নৈ কাম্নৈ হৈককলৈ,
পাম্বীস্থ য়েনশাং ওইনলৈ,
মহৈস্থ চাবদা হাওনলৈ,
অমাং অতা লৈতলৈ,
তাইবং মীবু য়োকপলৈ,
অরা অনা কননলৈ,
কারবো হাইক্রোট চাং য়াম্না ফংনলৈ
ঙশিংদা পাক শম্না শন্দোকলৈ,
লৈরাং লৈকোন পাংকোনলৈ,
পুখ্রি পাম্না লৈকোনলৈ,
তিংখং পানবা মহৈলৈ,
হিংনা চাবস্থ ময়ালৈ,
চাক্লা চানবস্থ ময়ালৈ,
হৈজিং ফার হাওনলৈ,
ঙশিংদা চাঙবা হৈককলৈ,
মহৈনা তাইবংমীবু কননলৈ,
কামদবা য়াওদে হৈককলৈ„
ফৈজ নিংখিজৈ হৈককলৈ,
লাইজ ইপাল লাংনলৈ,
নোংজু থাদা শনদোকলৈ,
লাইজ থক্লা শিনথুংলৈ,
লৈরাং শাংলগা হৈককলৈ। 

শৈরেং ৪

# চিনী চমপ্রা

লৈরাং কোলোই চিনীচমপ্রা,
লৈরাং চিনীচমপ্রা লৈনমলে,
লৈনমনা ইংনা ঙাম্নলে,
চিনী চক্ মঙং মানবলে,
পোমলিঙৈদা মনম নমদলে,
শাংলগা মনম ফুগাইলে,
মনম্মা লেকাই শনলানলে,
মীগী পুক্নিং ওনহংলে,
লৈবাং শাংলে থংনলে.
লৈনা মকা ফননলে,
নোংজু থাদা শাংনলে,
উরী রারী মানবলে.
লৈরাং লৈনন মুংশিলে,
মনম কনবা লৈরাংলে.
মনা মরক্তা শাংনলে.
উদা রাদা য়েংনলে.
বসন্ত ঋতুদা শংনলে.
মরিদা লৈরাং পোম্নলে,
লৈরাং পূমথুম চাওনলে ।

চাওবা মপুং কারগা শাৎনলে,
লৈরাং ওইনা পোকনলৈ ।।
মহে মরোং চাদ লৈ,
লাইগী খুয়াদা কৎনলৈ,
মপুগী থৌগলদা য়াওনলৈ,
নাম্নদা চিনবা লৈরাংলৈ
লৈরাং মপুং কারগা লৈনমলৈ,
মীগী পুক্লিং হুনলৈ,
পুক্লিং মঙাল ওইনলৈ,
পুক্লিং ঙমহৎপা লৈনমলৈ,
লৈরাং শাৎলগা লৈনমলৈ,
নোংজু থাগী লৈরাংলৈ ।
ঙাইহাক পুংগোই ঙাম্নলৈ·
লৈমাই থক্তা কেম্নলৈ
লৈরাং পুক্সি কেমনলৈ
মাল্লেম লৈশা ওইনলৈ
অল্লোযা মপোক লাংওমলৈ
মীওই খুক্সি পান্দমলৈ
মপোক লাংওব ওননলৈ ।

—•—

শৈরেং :

# "ভারত জাতীয় একতা"

ঐখোই ভারত মচানি,
ইমা অমত্তাগী মচানি,
ভারত ইমা অমুত্তনি,
জাতি বিজাতি যুরামনি,
ইমা অমুত্তনা পোকপনি,
ইচিন ইনাও ইচে ইচননি।
জাতি বিজাতি থাইবৃতনি
জাং তোঙান তোঙানবশিং

ফিজেং চাকচা তোঙাল তোঙালসি,
ধর্ম কর্ম তোঙাল তোঙালসি,
লাইনিং লাইশোন তোঙাল তোঙালসি
লোল তোঙাল তোঙাল লোলসি,
ভারত বাশী চায়না থংনৈ,
ভারত মাতাগী মচাশি।
জাং তোঙাল তোঙাল পোকপীনি
লোল তোঙাল-তোঙাল লোলবনি,
ইমা অমত্তনা কোনবনি,
ইমাগী অমুত্তনা য়োকপনি,
দেশ কয়া কয়া থাইবনি।

চুরেন কয়া কয়া চেনখ্রি,
ভারত একতা লৈজাকনোন্ন,
ভারতমচা লিংজেন মান্নবা,
পূকচেন অমতা ওইবা;
ভারত জাতীয় একতাম্বি।
থবক থৌরম পাংথোকপা.
লীংজেন মান্নবা থবক্কা
ভারত একতা লুচিংনি।
জাতি অমগা জাং অমগা,
খেন্নবা পোকপতনি ভারতা
থন্নাই হকচাংদি অমতনি,
মীওইবা জাতি অমতনি
জাং থাইনা পোকপনি
জাং তোঙান তোঙান.
পোকলকনু থন্নাইরি অমতনি,
হকচাংনা মাল্লেমনা খিন্নবুনি।
শান্ন খোংনবা একতানি,
চান্নৌ মোন্নোনবা একতানি,
ন্নাথল থবক্কা একতানি,
ভারত একতা জন্নানি,
লিংজেন মান্নবা থবক্কা
ন্নাশা মপুন শান্ননা,

## ভারত জাতীয়া একতা

য়েক্ৰা মাইথি শীবনি ।
হিরম খুদিং একতানি,
একতানা থরাই হুকচাংনি,
একতা ওইদবনা থরাই
হুকচাং থাইনবা অন্থনি ।
একতানা ভারতকী থরাইনি
ভারত মাতাগী থরাই হুকচাং
ভারত একতানা ওইবনি ।
রাথগ থবক্ৰা একতানি,
রাঙাং লমচংনা একতানি,
য়েক্ৰু তিংখং একতানি,
লৈবাক লৈবাক একতানি,
রাশা মপুন শাবনি,
রাশা মপুন থুদেকতবনি ।
লেংজেন মারবা ককচেংনি ।
থবক থৌরাং শাংবনি ।
ভারত মচাগী লীংজেন
মাররবনা একতা ওইবনি ।
লিংজেন মামবা পুকচেন
থোইজেন তিরবনা একতনি
য়েক্ৰ তিংখং মাইথিব
ভারত একতা কাইদবনি

ভারত সরকারন কাইদবনি,
লিংজেল মায়বা থবক্কা,
রাশা মপুন শাকুনা,
য়েক্ক মাইথি পিববনি,
ইমা ভারতকী থরাইনি,
ভারত থরাই একতানি,
মাচ মেডিয়ানা একতানি,
ভারতকী ওইবা থাখলনা,
ভারতকী একতা ওইবনি,
ভারত একতা থাকপনা,
ইমা ভারত হিংগনি,
ইনিং তম্না হিংগনি,
য়েক্ক মাইথি পিবনি,
চাওখৎ থৌরাং পাংগনি,
মহৈ মশিং চাওখংকনি,
হিরম খুদিং চাওখৎকনি,
মীপুম খুদিং চাওখৎকনি,
ইমুং খুদিং শেমগৎলগা,
ইমুং খুদিং চাওখৎলগা,
ইমুং খুদিং মহৈ হৈনরগা,
ইমা ভারত চাওখৎপনি,
ইনিং তম্না হিংগনি।

ইমা ভারত নিংতম্বী,
নিংতম লাম্মা জরনি,
ইমা ইনিংতম পানগনি,
ভারত মাতা হিংগনি,
থবক ফংবনা একতানি.
চিঞ্জাক ফংবনা একতানি.
থবক্তা থরাই ওইবনি.
থরাই হিংনবা থবক্কি,
থবক পিবা থরাইনি,
থবক হাপ্পা থরাইনি,
থরাই নৌনা হাপ্পনি,
সরকারগী থবক ফংবনা,
মীওইবগী থরাই হকচাং,
নৌনা অহুক হাঃম্নি,
থবক্তা থরাই হিংবনি.
থবক্তা থরাইনি পুন্সিদা,
চিঞ্জাক্তা থরাই য়োকপনি;
ফিজেং লৈতেংনা নুংঙাইবনি.
অরা অনা কোকপনি,
মালেম লৈঃশেম লৈতাক.
ইমা ভারত একতানি.
মচা পুন্নমক পেনবনা।

একতা কৈদৌনু দা কাইরোইদো,
ভারত একতা থরাইনি,
ইমুং খুদিং মুংঙাই য়াইফরগা,
ইমা ভারত মুংঙাই য়াইফনি,
মী খুদিং চাওখৎলগা,
ইমা ভারত চাওখৎনি,
মী খুদিং মহৈ হৈরগা,
মহৈ হৈবগী থবক ভৌরগা,
ইমা ভারত চাওখৎকনি,
মহৈগী থবক পাংলগা।
বিজ্ঞানগী থবক চাওখৎলগা,
মুংঙাই য়াইফ ওইগনি,
পুন্সি মুংশাংনা পানগনি,
মীওই পুন্সি চাওখৎকনি,
হিরম খুদিং চাওখৎলগা,
ইরৈবাক ইজাতি চাওখৎকনি,
লৈবাক লৈঙাক চাওখৎলগা,
চাওখৎ থৌরাং পাংলগা,
মহৈ হৈবগী থবক পাংলগা,
হরাও মথোই কাগনি,
হিরম খুদিং শেমগৎলগা,
পুন্সি থৌদাং পাংলগা।

মীপুম খুদিং চাওখৎলগা,
চাওখৎ লমচৎ চৎলগা,
চাওখৎ ব্যবহার চৎলগা,
চাওখৎ মঙাল ঙাল্লগা,
ভারত একতা ওইগনি,
একতা একতা লাওবনা,
একতা একতা ঙাংবনা,
ভারত একতা ওইবদো,
থবকসু ওইবা য়ারোইদো,
থবক্না একতা ওইনবা,
শেন্না থোংবু শাহ্না,
পুকচেন থোইজেন তিন্নবা,
লিংজেন মান্নবা থবক্না,
মপুং ফানা পাংলগা,
ভারত একতা ঙাক্নি,
শেন্না একতা ওইবনি,
থবক্না একতা ওইবনি,
চাওখৎ মঙাল্লনা ওইবনি,
একতা একতা লাওরগা,
শেন য়াওদবা য়াদেদো
শেমগৎ শাগৎপসু শেননিদো,
পাজন লৌশিং চৎইবো।

সেমা খোং মাজমা-

একতা ভারত শেখনি.
শেমা ভারত একতানি।
শেমা খোং শারগা,
একতা মপুং ফারগা,
চাওখৎ খৌরাং পাংলগা,
মীপুম খুদিং পেরগা,
জাতীয় একতা ওইদো,
জাতি বিজাতি একতা,
জাতীয় একতা ওইদো।
লিংজেন মান্নবা পুকচেন্না,
রাশা মপুন শাহনা,
জাতীয় একতা ওইনিদো,
জাতি বিজাপ্তি একতা,
ভারত মাতাদা ওইনিদো,
লৈবাক লৈঙাক একতা,
জাতি বিজাতি একতা,
ইমুং খুদিং একতা,
মীপুম খুদিং একতা,
লৈবাক লৈঙাক একতা,
থবক থৌওং একতা,
হিরম খুদিং একতা।

মীপুম খুদিং একতা,
পুন্সি ঈপাক একতা,
ভারত জাতি একতা,
ভারত বাসী একতা,
ভারত সরকার একতা,
দেশ দেশ একতা,
ষ্টেট ষ্টেট একতা,
থরাই হকচাং একতা,
পুকচেল খোইজেল একতা,
পুক্লিং হকচাং একতা,
ভারত মাতা একতা,
পুন্সি ঈপাক একতা,
ভারত থরাই একতা,
শেননা ভারত একতা,
মীগা মীগা একতা,
শুবা নোম্বা একতা,
শায় খোংনবা একতা,
য়াথল লমচং একতা,
য়াভাং শাঙাং একতা,
মীপুম খুদিং একতা,
মন্ত্রী মন্ত্রী একতা,
ারত মন্ত্রী একতা।

ভারত নেতা একতা।
ভারত জাতি একতা,
ভারত বাশী একতা,
ভারত রাখল একতা,
জাতীয় একতা থরাইনি,
থরাই হুকচাং একতা,
পুন্জি থবক একতা,
থরাইগা থরাইগা একতা,
হুকচাংগা হুকচাংগা একতা,
পুরিংগা পুরিংগা একতা,
নেতাগা নেতাগা একতা,
মন্ত্রীগা মন্ত্রীগা একতা,
অফিসারগা অফিসারগা একতা,
আর্মিগা আর্মিগা একতা,
লৈবাক লৈবাক একতা,
জাতি বিজাতি একতা,
একতা ওইবা লিংজেম্না,
একতা ওইবা থবক্না,
ভারত জাতীয় একতানা,
ইমা ভারতকী থরাইনি,
ভারত সরকারগী থরাইনি,
থরাই হুকচাং অমত্তনি।

ভারত সরকার একতা,
ভারত একতা ওাকপা কনা ?
একতা ওাকপা ভারত মচানে,
থৌওং কয়য়া একতা ওাকপা,
ভারত মচা পুন্নমক রাশা,
মপুন শাহ্না একতা ওাকপনে।
পিক্লবা ককচেং পানদমগুম,
লিংজেন মারবা পুকচেননা,
ভারত বাসী লিংজেন মারবা,
জাতীয় একতা ওইবা লিংজেয়া,
খুংলাই ওইনা পাইহ্না,
ভারত বাশী পুন্নমক্না,
রশা মপুন শাহ্না,
ভারত একতা ওাককনি।
জাতীয় একতা ওাককনি,
ভারত একতা খুগাইবা,
বাশা অমকং শংতোকপগুম,
পেক পেক খুদেকনি।
ভারত বাশী পুন্নমক্না,
লৈবাক ওাকপা অহৈবা,
সাশন চুপজি অপাইবা।
ভারত জাতীয় একতা ওাকনি।

ঈশেং ৬

# "পৃথিবী জাতীয় একতা"

পৃথিবী মতুম অমত্তা লৈ.
মীওইবা জাতি অমত্তা লৈ.
মতুম অমত্তগী মচা লৈ,
মমা অমত্তগী মচা লৈ,
পৃথি মাতা অমত্তা লৈ,
পৃথি মাতা নিংবা ময়াম লৈ,
মীওইবা জাতিবু শুংশিবা ময়াম লৈ.
পৃথিবী মতুম অমত্তা লৈ.
জাতি বিজাতি পুমত্তা লৈ,
আডাম ইভগী মচা লৈ,
পৃথিবী লৈশেম অমত্তা লৈ.
ঈশ্বর অমত্তা লৈ,
ধর্ম্ম নিতি ময়াম লৈ.
ধর্ম্ম কর্ম্ম ময়াম লৈ,
লৈঙাক শাশন ময়াম লৈ,
দেশ মহাদেশ ময়াম লৈ,
পাং মপুক্রু ময়াম লৈ.
তুরেল কয়া কয়া লৈ।

পৃথিবী মতুম ওইনা লৈ,
পুক্নিংগী রাথল অমত্তা লৈ.
রাথল ইপোম অমত্তা লৈ.
থরাই হকচাং অমত্তা লৈ
অমত্তা ওইবা রাথল লৈ.
পুকচেন অমত্তা ওইনা লৈ
পৃথিবী শান্তি ওইনা লৈ.
পৃথিবী জাতি একতা লৈ.
জাতীয় একতা পালন লৈ.
জাতি বিজাতি একতা লৈ.
সাহিত্য ইচেল ময়াম লৈ,
সাহিত্য মঙাল অমত্তা লৈ,
লৌশিং পুকৈ অমত্তা লৈ
নুমিৎ থা অমত্তা লৈ,
অমম্বা অঙানবা অনি লৈ,
মহৈ মঙাল অমত্তা লৈ.
পুক্নিং মঙাল মহৈ লৈ,
মহৈ হৈবা মঙাল লৈ,
চাওখৎ থৌরাং মঙাল লৈ,
পৃথিবী শান্তি মঙাল লৈ,
হুংশিবা রাথল একতা লৈ,
হুংশিবা থম্মোই একতা লৈ।

ধন জন একতা লৈ,
সনা লুপা একতা লৈ,
লৈবাক লৈঙাক একতা লৈ,
লুপা পৈশা একতা লৈ,
মরৈবাক মীরৈ.ক একতা লৈ,
পৃথি মাতাবু সুংশিবা একতা লৈ,
পৃথিবীগী জাতিবু সুংশিবা একতা লৈ,
থৌজাল হৈবা একতা লৈ,
পৃথি মাতাবু নিংবা একতা লৈ,
পৃথি মাতাবু সুংশিবা একতা লৈ
পৃথি মাতাবু শেমগৎপা একতা লৈ,
বিজ্ঞান হৈবা একতা লৈ,
চাওখৎ থম্মোয় একতা লৈ.
চাওখৎ থৌরাং একতা লৈ,
মহৈ চাওখৎপা একতা লৈ,
রাখল চাওবা একতা লৈ,
পৃথিবী ওইবা রাখল একতা লৈ,
মীওইবা জাতিগী ওইবা রাখল একতা লৈ.
জাতি বিজাতিবু সুংশিবা একতা লৈ.
পৃথিবী শান্তি একতা লৈ,
জয় পৃথি জাতীয় একতা।

———

শৈরেং ৭

# লৈরাং লৈপুন

উরিলৈ মাধবী চিঞ্জাংলৈ,
লৈরাং লৈনম মুংশিলৈ.
মনম্মা লৈকাই পনশানলৈ.
উরিলৈ মাধবী উয়েংলৈ.
চিঙ্জোংলৈ মনালৈ ঙিংখংলৈ,
লৈরাংমা লৈকা খনগ্রিউ,
খোইমু কমাসু উনজ্রিউ.
পোমশাং নহুম্বা লৈখিউ,
লৈনম্মা লৈকাই পনজানজ্রিউ.
লৈরাং লৈশা কাপ্রিউ.
তাওজিং হৈবাং পারিউ.
খোইমুন থাইদা কংজ্রিউ,
লৈরাং লৈহি চেনখ্রিউ.
মা অহিংবা কোজেংলেবা.
লৈরাং লৈকাদা থৈখ্রিউ,
মাশং অমদা কপ্লিউ,
লৈরাং ইংনা তাখ্রে.
কঃজ কঃজ নিংথিরে।

শাবী শানৌনা হেকক্লিদৈ,
তংটবং পুক্নি ওয়ানলিদৈ,
পুক্নি হিদোম লোইহ্লিদৈ,
করুবা নিংথিবা ওইহ্লিদৈ.
লৈছী চুপকে লাকক্লিদৈ,
লৈরাংনা খোইথা শেংলিদৈ.
তাইবং মীনা য়েংনলৈ,
লৈরাং ফজে হায়নলৈ,
লৈরাং লৈকা উমনলৈ।
মালং তানথা লাকপদা,
কোরৌহনবনা লৈরাংদা য়ৌবদা,
লৈরাংনা মপুং ফারকপদা,
মালং শরাই ফংবদা,
লৈরাং লৈকা ফন্নলৈ,
মুংশিবা লৈনম্না য়াকাইলৈ,
লৈরাং লৈচৌনা চোংনলৈ,
খোইমুনা ভুড ভুড ভুঙনলৈ
ছাদা মাধবী উরিলৈ
লৈকোন থম্না শাংনলৈ,
ফজে নিংথিজে শিংথালৈ
ওাইহাক পুংগোই করুলৈ,
মপুগী গুনবু শে য়লৈ।

ঙা'ইবং পুন্সি ঙ'ম্নৈ,
হৈকোন নৈকোন ঙায়নৈ.
খোষ্টম্ হয়িংখোট ভিনকমনৈ,
নৈরাং নৈকা কননৈ,
নৈগ'না পুমচোৎ চোৎনৈপ.
ঙাইহাক পুংগোই ঙামনৈ।
মালং তানথা লাকপদা,
নিংথিবা মালেম নৈমাইথক্তা,
তাইবং মীনা হেকপা লাক্তবদা.
নৈরাং গণ্ডি নৈত্রবদা.
মালে নৈকোইপুংদা কেম্নৈ.
শাবী শানৌ লাকপদা.
মালীনী কয়া লাকপদা,
নৈরাং হেককে লাকপদা.
তাইবং থুঙা ঙ'ম্নৈল,
তাইবং মীনা হেকপদা,
নৈরাং পুন্সি লোইরেদো.
নৈরাং নৈমন চনবদা.
মালেম থক্তা কেনবদা,
নৈরাং পুন্সি লোইরেদো।
তাইবং মীনা হেকত্রিঙে,
নৈরাং পুন্সি লোইত্রিঙে।

ফৈজ নিংথিজৈ শোয়লৈ;
লৈরাং মহৈ তমনলৈ.
মহৈ তমদবস্থ ময়াওলৈ.
লৈরাং মথল য়ায়লৈ,
লৈরাং লৈপুন শেয়লৈ.
তাইবং থোদোক থুদিংদা;
মীওইবগী নাপদা চিন্নলৈ
জুজা কয়াগী শমজিলৈ.
পামুবগী ওক্তা ওান্নলৈ;
তাইবং মপুগী চরুন্দা ওারলৈ,
মফম কয়াদা ওান্নলৈ.
থোদোক কয়াদা ওান্নলৈ.
হাদা লৈরাং শকহেনলৈ,
তাইবং পুক্নিং ওমহৎলৈ,
মীওই পুক্নি জুংওাটনালৈ.
পুক্ন মওান ওইনলৈ,
মীওই পুক্নি পানদমলৈ,
শোকপা শিবা য়াওনলৈ,
শোকলবদি নোংমা শিনলৈ,
লৈমাই থক্তা কেন্নলৈ,
মালেম লৈশা ওইনলৈ,
অনৌনা লৈরাং পেম্মনলৈ। ✪

শৈরেং ৮

## "লৈশংলৈ"

লৈকোনদা শাংপী লৈকোনলৈ,
লৈক দা হৌবী লৈকংলৈ,
থারগা হৌবা থাহৌলৈ,
মখোং শোয়গা কবী শোমহৌলৈ,
লৈকংদা শাংপী লৈকংলৈ,
লাইজ ঈপাতাংলগা কবী লৈরাংলৈ,
হেক্লগা থুইবী হেকথুইলৈ.
লৈপালদা লৈরগা 'থুইদবী থুইদলৈ.
খোইমু লাবা তমোয়া মাকাইলৈ,
লৈকাদা খোইমু খাংজেংবা তোংনলৈ,
খাংজেংবা খোইমুনা যত্র খোংনলৈ,
লৈরাংনা জগোৎ শানলে,
মালং তানথা চানলৈ;
হয়ি খোইনা লৈছি থিনলৈ,
খে ইরা থমা পৈনলৈ.
লৈকোনদা তানবী লৈরাংলৈ,
লৈকোনদা শাংপী অদোরগুলাপলৈ,
আতোবা অসাংবা মাপুন্দ ।

সুমিত্তা মাইওনবী সুমিৎলৈ,
অহিং সুংথিনদা ভাম্নলৈ,
জগৎনাথনা চানবা লৈরাংলৈ,
নোংপোক মাইকৈদা ওনবী নোংপোকলৈ,
হাদা সুমিৎলৈ জগৎনাথলৈ,
কাংদা কৎপী সুমিৎলৈ,
জগৎকী মপুদা কৎনলৈ.
ফজৈ নিংথিজৈ জগৎলৈ,
সা অহিংবা মানবী কুচুলৈ,
সা ফিগে থোম্নলৈ,
জগৎনাথনা পাম্বা লৈরাংলৈ,
কোরৌহনবগা চাম্নবা সুমিৎলৈ,
সুমিৎকা সুমিৎলৈগা হোক্নলৈ,
চাম্ন মাইথোং মঙানলৈ,
নোক্না খেনা শাৎকাইলৈ,
কোরৌহনবনা চানবী সুমিৎলৈ.
জগৎকী মঙুংভোদা কৎনলৈ,
মরুনা থাও শুম্নলৈ,
লৈরাং ওইনা কৎনলৈ,
মালিনী কম্নানা হেকনলৈ,
মালী কম্নানা য়োম্নলৈ,
সুমিৎতা ওনবী সুমিৎলৈ ।

স্না অহিংবা মাম্বলৈ,
লৈমাই থক্তা কেম্নলৈ.
চাদা মালিকা উয়েংবলৈ.
উরী বারী ওইনলৈ.
হাদা বারক কুণ্ডো উরিলৈ
হাদা বসন্তী উরিলৈ,
উরী ওইনা য়েংবনলৈ
মরি চংজি উরিলৈ.
উদা য়াদা য়েংবনলৈ,
উরিলৈ হায়না থোম্নলৈ.
লৈকংদা ছৌবী লৈকংলৈ.
লৈকোনদা হৌই লৈকো নলৈ.
মচু কয়ানা লৈতেংলৈ.
থৌদোক কয়াদা চম্নলৈ,
ঈশ্বরদা কৎপা লৈরাংলৈ,
মীগী স্না গুক্তা শিনলৈ,
নাদা চিনবা নচিনলৈ.
শমজিদা থেংপী শমজিলৈ.
ইশ্বরদা কৎপী ঈশ্বরলৈ.
থৌদোক্তা য়াওবী থৌদোকলৈ,
লৈরাং মথন মথা য়ান্নলৈ,
কুম্বী কালেন থাইনলৈ।

হাদা: লৈরাং লৈমুংশিলৈ,
মথন য়ামই মশুনলৈ,
পামেনদা শাংপী শিংগালৈ,
পামেন চাওবী শিংগালৈ,
মথোক ঙাংবী শিংগালৈ,
লৈনা চৌবী শিংগালৈ,
লৈগী জাজা হৌবী পামেনলৈ,
লৈমাই থক্না ঙাম্নলৈ,
পামেন থক্না ঙাম্নলৈ,
পাম্মু পাম্মুই লৈরাংলৈ,
ঙাইহাক পুংগোই ঙাম্নলৈ,
পুখ্রি মপান লৈতেংলৈ,
পুখ্রিদা মমি তাবা কাম্নলৈ
লৈরাংনা মালেমদা কেম্নলৈ,
মলিনীনা পুরগা কংনলৈ,
মপুগী চরন্দা ঙাম্নলৈ,
থোদোক কয়াদা ঙাম্নলৈ,
লৈরংগী জাজা পোক্নলৈ
ফজৈ নিংথিজৈ লৈরাংলৈ,
পৃথি মাতাগী মমোমলৈ,
পৃথি মাতাগী থোগললৈ,
পান্বী চাওদ লৈরংলৈ। ✪

শৈরেং ৯

## "লাইজ্জলৈ"

খরো, থম্বাল, থারিকথা লাইজলৈ,
লাইজ্জ ইরোনন্থুংদা হৌবী লৈরাংলৈ,
মালেম লৈখোমদা থানলৈ,
থম্বালগা জুমিংকা ওাম্নলৈ,
খরোগা থাজগা নোক্নলৈ,
লৈরাংনা লাইজদা ওাম্নলৈ,
লৈরাং লৈখোক লোইশ্নগা,
লাইজ্জ থক্তা তাওনলৈ,
লৈম্নাংনা লাইজদা শাংপদি,
তাইবং শহুম কিবগী শাংপলৈ,
তাইবং মপুগী থোদোক্তা য়াওনবা,
লাইজদা লৈরাং শাংপলৈ,
লৈরাং নংগী লৈনমবু,
নামিবা মালংবনা হুম্নলৈ,
ফজবা নিংথিবা পুন্নমক,
তাইবং ঈপাক্তা ওাম্নলৈ,
লৈরাং ওইনম্বু কংনলৈ,
হৈরাং ওইনম্বু কংনলৈ।

লাইজ কংলগা থমবো তাম্নলৈ,
লেমক্ক হৈরাং তাম্নলৈ,
তাওজিং হৈরাং চানলৈ,
থাংজিং হৈরাং কেক্লৈ,
হাদা লৈরাং শকহেনলৈ
তাইবং চিঙ্গাক ওইনলৈ,
লাইজ লৈরাং ইকাইথবীলৈ.
লৈরাং মিংলেন ইকাইথবীলৈ.
চাম্ন য়েনশাং ওইনলৈ,
মপুগী চবনদা কনলৈ,
তবা লুকোই চানলৈ.
মপুগী সেবা ওমনলৈ,
ঋতু থাইনা শন্দোক্লৈ,
লাইজ ইপাক্তা তাওনলৈ,
লাইজ কংলগা হৌদলৈ,
মতোননা হৌবা লাইজলৈ,
লাইজদা মরা শন্দোক্লৈ,
লাইজদগী চিঙ্গাক চূর্পনলৈ,
লাইজ লৈরাং ইকাইথবীলৈ,
মালেম্ লৈখোমদা শমনদলৈ,
তরং লাইজদা হৌনলৈ,
লাইজ থক্তা তাওনলৈ,

নোংমা নোংমগী শন্দোক্লে,
[illegible]
পুথ্রী পাত্তা থানলৈ,
নোংজু থাদা হৌনলৈ,
লাইজ ঈপান্দা হৌনলৈ,
মংলেম ইমাগী মমোমলৈ,
ইমাগী সেবা তৌনলৈ,
ইমাগী লৈতং ওইনলৈ,
মীওই মপোক পানদমলৈ,
পুন্সি ঈচেল লাইজলৈ,
মীওই পুন্সি মুংঙাইলৈ,
য়েংবগী পেনবা নাইদলৈ,
থোংনা নৌবী লৈরাংলৈ,
মুংঙাইবা পনথে লোম্নলৈ,
পুন্সি হিদোম লাইজলৈ,
অানগী সমুদ্র ওইনলৈ,
মহৈগী ঈপাক ওইনলৈ,
পুন্সি তাইবংদা কথোকলৈ,
ওইজবা পুম্বা থাদোকলৈ ।

শৈরেং ১০

## "চিঙ্গাকলৈ"

জীববু য়োকপা লৈরাংলৈ.
ত্যাইবং মীবু য়োক্লৈ,
লৈরাং শাৎলপা মহৈলৈ,
চিঙ্গাক পাম্বী লৈরাংলৈ,
থারগা মখোং শোম্লৈ,
মখোংদা হার হাপ্লৈ.
মখোং তোইনা শোম্লৈ,
মালেম লৈশেম তোইনলৈ,
লৈশেম ফবা মহৈ ফনলৈ,
লৈরাং শাৎতনা মহৈ রানদলৈঃ
লৈরাংনা মহৈ পুথোকলৈ.
ডাইমনদনা মহৈ ফনলৈ,
ইয়ুরিয়ানা রাংনা হেনগৎলৈ
পোটাশনা মতিন মকাং ফননলৈ,
উৎ যনথী লৈহাওলৈ,
লৈহাও লৈচন শুনলৈ,
মহৈ মরোং ফনলৈ.
লাইজ পাবা লৈরাংলৈ।

কৌ পাম্বী লাইজলৈ,
লৈরাং লৈশা ভমনলৈ,
মহৈ মরোং যাম্লৈ,
লৈকংদা হৌবা চিঞ্জাকলৈ,
লৈরাং শাংলপা মহৈলৈ,
লকু পাম্বী থরোলৈ,
থরো শাংলপা লকোইলৈ,
হবাই থরাক লৈরাংলে,
মপান শাংল মহৈলৈ,
মপান কেল্লপা মহৈ যাম্বলৈ,
লৈরাং মঙুল মতিকলৈ,
লৈরাংদা ভাইমং মীবু য়োক্কুলৈ,
অবা অনা কমবিলৈ.
অরাম খৌরাং কোক্লৈ,
আলু পাম্বী চিঞ্জাকলৈ,
লৈশুংদা আলু ভানলৈ,
লৈবাক লৈহাওদা ফবলৈ;
লৈকংলামী আলু চিঞ্জাকলৈ,
থমচেৎ মাংমবী কোবিলৈ,
মপামনা মহৈ চানলৈ,
মপামনা য়েনশাং ওইনলৈ.
মরুনা থানবা থমনলৈ।

কোমলা পাম্বী চিঞ্জাকলৈ.
লৈরাং লৈশা শাংবলৈ,
মহৈ মরোং তমমলৈ.
নোংমা নোংমগী চাওরকলৈ.
তাওজিং হৈরাং মুমলৈ.
অমৃতবা পুমথম থমলৈ
ত ইবং মীবু খোঙলৈ.
লৈরাং জাতবা খোঙলৈ,
চিঞ্জাক পাম্বী মথনলৈ.
লাইজ লৈরাং চিঞ্জাকলৈ,
কৌ পাম্বী লাংজলৈ.
থম্বো থবাল লাংজলৈ,
থাংজিং ইকাইথবা লাইজলৈ,
হাদা থারিকথা লৈনুংশিলৈ,
খেমবুং মহৈ ফংবলৈ,
কতু থাইনা হৌমলৈ,
লৈরাং লৈপানা মহৈলৈ.
মহৈনা চিঞ্জাক ওইবলৈ,
তাইবং জীব য়োক্লৈ,
মপুগী খোগল তোনলৈ,
মপুগী থুংশেম উংবলৈ,
মপু মানা শেমবলৈ ।

ওইহনবিংবা মওংদা ওইনলৈ,
মপু মাগী থৌজানলৈ,
তাইবং মীবু য়োক্লৈ.
লৈকথাগী চিঙ্গাক পুথোকলৈ,
আলু কোবী মোরোক হবাইলৈ,
মাইরেন থবী খোংক্রুম মরিলৈ.
মপ্রান শাংলা মহৈলৈ,
চিঙ্গাক লৈরাং মগুনলৈ,
শিংথা লোইবা ওমদলৈ,
কাম্লৈ কাম্লৈ লৈবাংলৈ,
লৈরং খোং নোমা শাংনলৈ,
অমুত চেনবা মহি ফংনলৈ,
মপুং কারা মহাওলৈ.
লৈরাংগী শক্তি শিংথালৈ,
অরাম থৌরাং কোক্লৈ,
চুবা চুহি চিনি শুংনলৈ,
অমৃত চেনবা চিঙ্গাকলৈ,
লৈরাং মপান অমৃতলৈ,
অমৃতনা থোমলাং ওইনলৈ,
মালেম ইমাগী মগুনলৈ,
ইমা মালেমগী অতমৃতলৈ
ইমাদগী খোরকপা তাক্লৈ।

ইমাবু হেনবা অমা লৈতলৈ,
তাইবং জীব য়োম্বলৈ.
তাইবং অমা অহুক কোকনলৈ,
মীওই পুক্নি কনবিলৈ,*
হিদাক কয়া পুথোকলৈ,
অনা অয়েক কোকমলৈ,
চিঙ্গাক পীবা লৈরাংলৈ,
লৈরাং মগুন মভিকলৈ,
মীন. তামবা কংদলৈ,
লৈরাংহনা মগুন হেন্নলৈ,
হাদা লৈরাং তনৌলৈ.
লৈমা থোংনা নৌমলৈ,
লৈনী লৈমম মুংশিলৈ,
মালেম ইমাগী মথোমলৈ.
ইমাগী অমৃত চুপনলৈ.
ইমাগী খোমলাং অমৃতনা মহেলৈ,
মীওইবা তাইবং জীব য়োক্রলৈ.
ইমা মালেম মগুনলৈ,
ইমাদগী থোক্‌পা তাক্কলৈ,
ইমাদা থাবা মহেলৈ,
ইমা শেমলগা মহে কংনলৈ.
ঋতু থাইনা চিঙ্গাকলৈ। ✪

# কোকিল

কোকিলনা কুহু কুহু খোনথাংলৈ,
ক্বাক্বা ক্বাক ক্বাক খোংনলৈ,
তাইবংনা কোকিলগী কুহুতবু তানিংলৈ.
সুংশিনা খোংই শোম্নলৈ,
তাইবং মীনা শিংথালৈ,
মিংচৎ মখোন ওইনলৈ,
মিংচৎ উরোং খিন্নলৈ,
উচেক্কী মখোল সুংশিলৈ,
সুংশিবা মখোলতনা শুমহৎলৈ,
মীওই পুক্লিং শুমহৎলৈ,
কোকিল ক্বালৈ কুহু মাম্নলৈ,
কোকিল ক্বাক মুয়্রৈলৈ.
কোকিলনা পঞ্চম স্বরদা খোনথাংলৈ
মখোন তাবদা মিংচৎলৈ,
মখোলতনা মিংচৎ পুরকলৈ,
সুংশি হায়না মিংচৎলৈ,
ক্বাক্কী ক্বাক ক্বাক খোংনলৈ,
কনা অমতা তাদনিংদলৈ,
সুংশিদে হায়না মিংচৎলৈ.
তানিংদে হায়না হায়নলৈ

মখোন অনি খেয়লৈ,
তাইবং মীনা থংনলৈ,
হৈরাং লৈরাং [illegible]
নামিবা মলয়না বিরি হুমনলৈ,
মীওই পুক্লিং হনলৈ,
কোকিলগী কুহু কুহু শরত্তবু তানিংলৈ,
কলাকারনা কোকিলগী শরত্তবু তানিংলৈ,
ঋষি নোংমাইস্থু কুহুগী গুরবু তানিংলৈ,
মীনা মাগী মগুনতবু শিংথালৈ,
তাইবং মীনা কুহু শরত্তবু তমনলৈ,
লাইনা পাওতাক পাওদমলৈ
পাওতাক পিনবা পুথোকলৈ,
লৈবাক্লা তম্নবা পুথোকলৈ,
মীয়াম্না তানবা পুথোকলৈ,
শৈশক শৈদম পুথোকলৈ
শৈরেং য়ারেং পুথোকলৈ,
কুহু হায়না শৈশকলৈ,
কুহু হায়না শৈরেংলৈ
কুহু হায়না য়ারেংলৈ,
কুহু ছন্দ তমনলৈ,
কুহু শরত্তবু শিংথালৈ। ✪

# "পৃথি মাতা"

পৃথি মাতা লৈনলৈ,
লৈনা জগোহ শানলে.
অতং অথম লৈতলৈ,
অরোই অথম লৈতলৈ,
হৌরককম লোইকম থংদলৈ,
পংলবা নচা ঐথোইলৈ,
ঐথোয় মীওইবা লৈফমলৈ.
মালেম পৃথিনা য়োক্লৈ.
ইমাগী অমৃত থক্লৈ.
শিবা কাওবা য়োক্লৈ.
মালেম পৃথি কোইচংলৈ,
অহিং মুংথিল পুথোকলৈ,
অমম অঙান থাইনলৈ.
ঋতু কয়া পুথোকলৈ.
ঋতু কয়াগী পোথোকলৈ.
অহৈং অশা থাইনলৈ.
ইপা পক্সৌ অতিয়ালৈ,
মালেম পৃথি মাতালৈনলৈ.
মুনিং থানা মঙালদৈ।

অহিং অশা পুথোকলৈ,
নামিবা মলয়ানা স্বর হোম্নলৈ,
তাইবং লৈশেম হৌগৎলৈ,
য়িরি খোংদোই তন্তলৈ,
নামিবা মলয়ানা য়োক্ললৈ,
স্বর হোঙ্গিডৈ হিংনলৈ,
হৌরকপদগী অস্থুম চাওরকলৈ,
স্বর হোনত্ৰগা শিনলৈ,
ইমা মালেমদা তিন্নলৈ,
অনৌবা য়াওন পোক্ললৈ,
অনৌবা পুন্সি য়াওনলৈ,
পস্থৌ ইপা অতিয়ালৈ,
মালেম ইমা পৃথিলৈ,
লাইজ ইপান লাংনলৈ,
মালেম ইমা ইংনলৈ,
মচা ময়াম পোক্ললৈ,
অশংবা কুচুনা লৈতেংলৈ,
জীব পুম্বা শেমগৎলৈ,
অ... ...শক শেমগৎলৈ,
শা-উচেক ...শেমগৎলৈ,
উ... ... শেমগৎলৈ।
...ইরবা।



# লেখকী অকোংবা লাইরিকশিং

(১) খুনোংখিবদগী কনহৌনবা উপাই
(২) মেলেরিয়া
(৩) কো-ওপরেসন
(৪) অকবা সমাজ (ড্রামা)
(৫) প্রাক্টিকেল এগ্রিকলচর
(৬) ব্রহ্মচার্য
(৭) মারেং শৈরেং পোৎশাংনবা
(৮) সাধারন ভুগোলগী মরম
(৯) শৈরেং মচাল
(১০) হিন্দী ইংলিস হৈনবা লাইরিক
(১১) হিন্দী অমসুং ইংলিসকী লমজিং লাইরিক
(১২) An Easy step to english Translation and composition
(১৩) The pocket dictionary.
(১৪) A. B. C. Reading & Writiug Book

---

Printed at Pratap printing works
Paona Bazar, Road.